## শ্রীযুৎকী পুনসি চহি ৫০গী মনুংদা থোকখিবা থৌথোক

### ১। পোকপা।

ঐথোইগী ইনিংথৌ অসি মণিপুরগী অচৌবা রাজবংশদা পোকপনি, রাজবংশ অদুগী বংশলতাদি মাসিনি :—

মৈতিঙু তুবি চরাইরোংবা মরাম্বা পামহৈবা হাইবদি গরীবনিৱাজ নিংথৌরেন পোকই।

১। গরীবনিৱাজ, নিংথৌওইবা ইং চহি ১৭০৯
|
২। ৺ঔৌরাম শাই ❋
|
৩। ৺ ভদ্রসিংহ নিংথৌ ওইবা ইং চহি ১৮২৪
|
৪। ৺নরসিংহ— " ১৮৪৩
|
৫। ৺ভুবনসিংহ ❋
|
৬। ৺ডুম্বরসিংহ ❋ "
|
৭। শ্রীযুৎ চূড়াচান্দসিংহ " ইং চহি ১৮৯১

তাইবংপান হাঙ্গৈরসি অঙকপনি, অসিগুম্বা মৈতৈ লৈপাককী লাইপক থেকথাই থোংদা, শিনবা চন্দনগুম্বা অমসুং মণিপুর লৈপাক অপুন্বা লোং সি নোংমাংদবা অসিনা, ইমফালগী মমকুল মপালদা ইচম চম্বা কুটিরগৃহ অমদা ইং ১৮৮৫ চহিগী ১২ মে নৈপ্রাকপোকপা হুমিজা, পোকই।

## ২। তনৌ হৌবা অঙাং মচাগী পুন্সি।

নিংথৌ অসিনা পোকপা মতম অদুগী লিচংতি স্বাধীনগী চৈনবী মতিক মগুণ চাওবা নিংথৌমচা অমা পোকপগা মাদুতা মাংহনগদবগী চোৎনবনা মশিনওইনরমই, অসিগুম্বা ক্ষণজন্মা মহাপুরুষ অমনা পোক্লবদা মৈবু ফীনা খুমবা য়াদবগুমনা মঙান-মশা হাইদোকলকদৌবি, মাদু উত্তুনা তাইবংপানবগী মপুনা ওনথোকনা শিংথিনা লোৎখবে, গুণ্ডামচাবু চাওদবিবা মথৈ উত্তবগুমনা কনাগুমবা অমতনা মতিক মগুণ চেললবা অঙাংসিবু মাখোইগী ৱাথলদা হাপথিদে। মবধৌ ইবুঙো (মতামহ) শ্রীযুৎ মোইবা-নিংথৌনা পণ্ডিতসিংগী মচিন্দগী তাবনা চেৎনা লোৎতুনা থমথি। তৌইগুম্বসুং মাসিমাদি কনাগুমবা অমত্তনসু থ-লমদে, মাদুদি—অঙাং অসিনা পোকপা মুমিত্তগীনা মণিপুরগী হাম্নগী ওয়াইতনব ঘটনা অমগী, সুত্রপাত হৌখি, মাদুদি— মতম অদুদা মঙান চাওবা সিংহাসনদা ফাললিবা সাব চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ মহারাজ—কে, সি, এস, আইগী পুন্সিগী থাওমৈদু মুৎলমদাইগী থংঙান ঙানখি। চহি অমা মপুং ফাদুনা অনি হেকচংবা নুমিৎ ১২ সুবদা সার চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহ কে, সি, এস, আই নাংগাখি। মতম অদুদগীদা মণিপুরগী ভাগ্য আকাশদা নোং অম মংবা হৌখি। মণিপুরদা শ্রীযুক্তুরচন্দ্রসিংহনা রাজসিংহাসনদা কারে। অৱাবনি নিংথৌ অসিগী অঙাং ওইরিবৈগী নিংথিবা চেংলৌ শকফমবু মপা হবুঙোনা উবা ফংখিদে। চহি অদুম চংলকপা মতমদা ইং ১৮৮৭কী ৯ আগষ্টদা মপা ইবুঙোদি কাছাবদা তাইবপানগী লীলা থাদোকখি। ৱাহৌরবী মমা সীজ ইবেমনা মৱাখুং হবুঙো অদুম, মচেম সিজ ইবেমা অনিগ লোইননা মচা ইবুঙাবু কোল্লনা পিৱাবম্না মবুধৌ ইবুঙো (মাত.মহ) গী শেগাদা অঙাং ওইনা মতম লেনখি।

## ৩। পৌগণ্ড বয়স অমসুং নিংথৌ ওইবা।

ইং ১৮৯০দা মণিপুরগী রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা ওনথোকপা অৱাবা অমা থোক্লরে। সার চন্দ্রকীর্ত্তিসিংহগী নোংথাখিরৈগী অংলকপা নোং অঙু নোংমা ২গী, কুলচন্দ্রধ্বজ—। মাদুগী চক্রীনা ইং১৮৯১দা গরীবনিৱাজ

নিংথৌরেনগী শ্যামশাইগী শাথাদা লাকপা ভাগ্যচন্দ্রদগী হৌরকপা রাজলক্ষ্মীনা মণিপুর থাদোকতুনা চংখরে। মণিপুর অপুম্বা সারথার ওইখরে, ধর্ম্ম ঙাকপীনবা লৈতরে। মণিপুরগী মবুঙো শ্রীশ্রী গোবিন্দনা রাজ পুরোহিতকী কুটির ঘরদা লুমিং থরগী দমক চেনখরে। মী অপুম্বা মশা ঙাকপা ঙমদরে চাগনি লক্কনি হাঙবা ফাউবা কাউথরে। অসিগুম্বা য়ারবা মতমসিদা মণিপুর লৈপাক্কা নিংথিরবা শান্তিগী মগোন চোংনবা লুমিং অমা ওইখি, য়াদি — ইং ১৮৯১ চহিগী ১৪ সেপ্তেম্বর নিংথৌকাবা লুমিংনি। লুমিং অসিদা তৌবিমন কাউদবা মতিকচাউবা মহামান্য সরকার বাহাদুরনা মৈতে নিংথৌগী থারা অমা থিরকই। থারা অচৌবি মৈতে মা লৈপাককী থবাইগুম্বা অমম্লুং খুৎসু খুংলাই লৈবদা অর্জ্জুনগুম্বা শ্রীযুৎ নরসিংহ নিংথৌরেনগী থারা কদাইনা লৈবগে থিরকলে। শ্রীযুৎ নরসিংহগী পীবাগী থারা থিরকপদা মচা ইবুঙো শ্রীযুৎ পুষ্করসিংহনা ঐগী য়াম্বুং ইবুঙো শ্রীযুৎ ভুবনসিংহগী মচু ইবুঙোসিং অসি লৈ হাইনা কংলা উত্রা মাংদা ময়াম্বুং ইবুঙো অহমগা লোইননা মতম কুইনা থংহন্দনা লৈকরগা মচু ইবুঙো অসিবু সরকার বাহাদুরদা থংহল্লে। হমনি গুবা ১৬ সেপ্তেম্বর য়ুমশকৈশ লুনিংতা সরকারনা প্রজা অপুম্বদা পাউ চেনখোকই, লৈপাক অপুম্বা নখোইনা থংলো, নংখোইগী নিংথৌ লৈরে সরকার ঐ থাইনা হাপপা নিংথৌ অসিনা নংখোইবু য়োকতুনা লৈপাক্কী শান্তি ওইরনি, নংখোই হায়দগী হেয়া লুংঙাইরনি হায়তুনা লৈপাক অপুম্বদ পাউ চেন্নে লাইরিক য়াম্লে, মতম অসিদা অঙাং ওইরিবা ইনিংথৌবু নিংথৌ ওইরে হায়বদা ফোংদোকপা হিজ হাইনেস রাজা অব মণিপুর হাইবা উপাধি অসি সরকার বাহাদুরনা পিখি। নম্বুল মপান্দা লৈরম্বা সনা জন্মস্থানগী পুখতুনা হায়গী কোন্নুং অমনবগী নোংপোকথংবা তুয়েন বাংমদা ৺শ্রীগোবিন্দগা লোইননা সবকারনা শুথৎতুনা থমখি।

## ৪। নিংথৌ ওইবগী তত্থানবা লাংলোম।

মতম অসিদি অঙাং ওইরিবা নিংথৌ অসিগী লাইরিক তম্বা মতমনি মহৌরি। শ্রীমতী কল্যা ইবেমা মমাসীজনা হাইরে, ঐগী ইনাউ (সপত্নী) না পোকপা ইচানিপা শিথু থাজনা কৈরে। শ্রীযুক্ত দিগেন্দ্রসিংহ য়ুয়াম্বুং

কৌশল্যানা ময়াম্বুং ইবুঙো মরিগা মচৌমসিঙ অনিগা লোইননা অনৌবা কোক্তুংদা লৈমনখি । মাতুদি ১ শ্রীযুৎ ভুবনসিংহ, ২ শ্রীযুৎ জিতজিৎ সিংহ, ৩ শ্রীযুৎ চন্দ্রহাসসিংহ, ৪ শ্রীযুৎ দিগেন্দ্রসিংহ, ৫ শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ সিংহ, ১ শ্রীমতী খুরাই লৈমা, শ্রীমতী তকোনসা ।

সরকার বাহাদুরনা হুকুম অমা তৌরে, মচা ইবুঙোবু মীরৈপাকতা অক্তমেরদা লাহরিক তমবা থাবনি হাঙ্গবা পাউসি তাবদা শ্রীমতী মমাসিঙা ইবেমা, মাপুকনিংদা ওনথোকনা বাথরে । বিশ্বমিত্রনা রাম লক্ষ্মণবু অঙাং ওইরিঙৈদা মহৈ তম্বীনবা বন্দা পুথিবদা কৌশল্যানা বাবগুম বারবী মনাসিঙইবেমাগী থাদগী ময়াম্বুং ইবুংঙো দিগেন্দ্রগা লোইননা মচাইবুংঙোবু অক্তবেব লৈপাক্তা পুথরে । অসিগুমবা থারবা, মতম অসিদা, নৌনা নিংথৌ ওইবগী শ্রীগোবিন্দগী সেবা পুবগী ভার, লৈপাক পুবগী ভার অমসুং অতুগা লোইননা লাপথরবা মরোল মরি ত্রিরদবা নমদা থবাইবু হেন্না পামুরবা মচা মণিবু পুথিবগী বাবনে, সুংসিরবা ককপরসগী ঊচেনগী মরক অসিদা রাজনীতিগী মৈগুম্না চাকপা, তিংথংনা থম্লবা, নম্বেল ময়াম চংলকলে।

## ৫। মণিপুরদা নন কো-অপরেশন হৌবা

মণিপুরগী পুরাণ সুবা কাংবু থরনা মতম অতুগী নিংথৌমচা অচৌবা সিংগা লোইনন্না হাব়গী নিংথৌগী ফমনাইরবা ব্রাহ্মণ রতনসিংদা তোংন্না ষড়যন্ত্র অমা হৌরে। মসুং ২ দা পাউ চেন্নে ওইরোইদবা পান্নোইদবা নিংথৌনি, পুরান্দী হাঙ্গরি চংগমু অশিনচিংবা চেন্নে । অনৌবা নিংথৌদা চংবা শ্রীগোবিন্দগী অমসুং নিংথৌগী সেবা তৌরুবা মী অপুম্ববু অনৌবা কাংবু হাইনা খোল্লে, মখোইবুনা হাব়গী কাংবু "অরিবা" হাইনা খোল্লে । "অরি অনৌ' হাঙ্গদুনা লৈপাক অসি মশুং মশুং ওইনা কাইরে অরিবা কাংবুনা অনৌববু বরকট তৌরে, অদুগনী মত্তিক করনা তৌ-

নখি, মচিন মনাও ইমুং অমতদা চৈগী ময়াম চাকতিন্নরিবা ফাউপা অনৌব বোনুংদা চংনুববদি যুম্লাং খাইদা য়েন্নবে । সাগৈ কাংনবে চাবা থকপা য়েন্নদবে । অরিবা কাংবুনা মাইকৈ ২দা পুলপ ২ তিন্নদুনা পিকেটিং তৌবে । মাংথবা অসি অশাম্বিগী মশক ওইরে মতম অসিদদি নোংমা ওইবতা ওইহনবিদা ইনিংথৌ অসিদি অচাউবা ওইবিংগী বিদ্যা ঙমদুনা নীবৈবাক্তা লেংবা মনক্তা ছুটিগী থোকপা অমুম্না ঙঙংংন্দা তেবি ।

মাইকৈ ঙাকপা চাহি ১০গী মঙান্না তিনবা নিংথৌগী নিংথিজবা মাইথোং থম্বাল অড উবা। লৈপাক প্রজা অপুম্বগী পুকনিংদা লুংসিবা হনাউবমক্তনা ইংপেন পেনথবে । মবক অতুদা প্রজাসিংদা হান্নগীদমু য়াউদবা অনৌবা কোন্নুং মু মীবক তিনগনাঙনা য়াউরুদবা মবক শাঙ্গব কাংবু অমা পেবকলে । কাংবু অসি নোংমা ২গী য়ামথৎলকলে । অচাউবা ওইবিবা নিংথৌদা লৈবা বিষ্ণুগী মঙান কান্তি অদুনা নোংমা ২গী " চান্দ্রীকলা যথা শুক্লে বর্দ্ধতে যা দিনে দিনে " চাওখৎলকলে; মাগী মঙান্না মংবদা অনৌবা কাংবুমু পাঙ্গল চাওখৎলকলে, মমৈদদি অবিবা কাংবু অদু মুমিৎ থোন্নগা উন্না তাবপগুম "নিত্যাবনিব গোপতিঃ" মঙান মশা অমৎতা লৈখিদরে । অচাউবা ওইরিবা ইনিংথৌগী ছ য়াদা ঙম্না চংজখরে ।

## ৬। মীটৈরপাক্তা লম ইম্নিক অম্মিটৈগী পুনছি ।

মীটৈরপাক্তা বিদ্যা তমলিঙৈদা ঙমমিন্নরিবা নিংথৌরুচাসিং অমসুং নিংথৌসিং অড়দগী হেন্দোকপা নিংথিবদু উবদা ওঝাসিং অতুন ওস্থোক্না পেনথি । বিদ্যা তমবদা পুকনিংচংবা—হৈসিংবা অদু উবদা রাজপুতনাগী নিংথৌসিংনা য়াম্না নুনা তৌথি। মতম অদুদা ওইবা গুণসিং অড কাউদনবা নিংথৌসিংনা পিন্নকপা মেডলসিংদা ইবা ময়োল থরা মথাদা ফোংদোকলিবা অসিনি ।

AWARDED TO

H. H. RAJAH CHURACHAND SINGH OF MANIPUR

NUMBER OF MARKS OBTAINED

9303.

William Loch Lt. Col. A. D. C.

Principal Meyo College. Ajmer

| | | |
|---|---|---|
| 1895—96<br>Mayo College<br>Ajmer<br>Rajputana<br>Prize presented by His Highness Maharajah Sir Nrependianarayanbhut Bahadur of Cooch Behar G. C. I. E | 1900—1901<br>Mayo College<br>Ajmer<br>Rajputana<br>Prize for punctuality and regular attendance number of competitors<br>59 | 1900—1901<br>Mayo College<br>Ajmer<br>Rajputana<br>Highest aggregate classmarks prize presented by His Highness Maharao Umaid Singh Bahadur of Kotah all classes Numbr of competitors. 56 maximum marks ortainabe<br>10,000 |

মাস্থুন তৌহুনা ডেবাড্নদা লান শোকনবগী বিদ্যা তমই ; লাইরিক, খাং, তা অমস্থুং লোংমৈনচিংবা অস্ত্র শস্ত্র অপুমবা বিদেশদা তমথি, অমস্থুং মণিপুরগী মমাঙৈগী নিংথৌবেনসিংনা হৈনরকপা থুংস্থ খুংলাইনা চিংবা বিদ্যা অপুমবা তমহুনা স্বদেশ বিদেশগী বিদ্যা অপুমবা তমলে।

## ৭। মথোং কারকপগী পুনসি।

নিংথৌগী হাহকচাংদা অঙাং ওইবগী পোগণ্ড বয়স অবস্থা অপুমবা লোংম২গী তুংলইনরকলে, মথোং কারকপগী পুনসিনা থৌগন তৌবা মথং২ হৌরকলে। নিংথমথা লোইহুনা বলস্তকতু চংবগুম হাহকচাংদা লাবন্যগী ধারানা লৈতেংলে, মতম অসিদা নিংথৌনা অচমবা লিঙ্জোন খোম্মা মণিপুরগী লৈরক খুল্লকতা ময়ুম্মা, খুংথিনদা লোংই, নিংথৌ লৈমলি হাইবগী খোমন লাংগন পুনে, লৈপাকবী, অমা অমা এবা [illegible]।

চানিংঙাই লৈতবা, অশোনবা, অনাবা অনংবা উরগা মাগোইগী মনিং থুংনবা প্রজাসিংবু পেনহনবা হৌরকলে। প্রজা অপুমবনা মতম অদুদা অঙাং ওইনা নিংথৌ ওইখিবা কাউব ঙমদবনা নিংগোম পিশক হাঙবা হ্নামিংলোন অসিনা থংনবমই। বিদ্যাতমবা লোইবক্রবা, কৈশোর বয়স অদুবু সম্মান তৌদুনা সরকার বাহাদুরগা লোইননা ইনিংথৌগী অভিভাবক সিংনা মৈতৈ শাগে অকবা মতিকচাউবা থুমন শাগেগী ঙাংবম নিংঙোল শ্রীমতী ধনমঞ্জরী দেবীবু অহানবদা বিবাহ তৌই, ইবেমা অসিনা মণিপুরগী মহারাণীনি। অদুগী মথংদা চিংঙাখম নিঙোল শ্রীমতী শ্যামাসখী দেবী বিবাহ তৌই মাসুমনা মথং মথং ইবেমাসিং বিবাহ তৌদুনা গৃহস্থ ধর্ম্ম তৌবা হৌই।

## হ্নাকোনুং শেম্বা।

সরকার বাহাদুরনা মহাবলী নমাংদা অচৌবা প্রাসাদ অমা শেমলে শ্রীগোবিন্দগী হ্নাগী মন্দিরগা লোইননা অনৌবা কোনুংদা লেংশিনলি।

নোংপোকথংবা ভারতকী সিংহজাতিগী মপু অসিনা মথোং কাবকপা মতমদা লৈপাককী শাবাউ—কৈবাউ লাকপদা হাঙবে, কৈ ফাবসি হাংতুনা ফাবা য়াদে, কুমৈ তৌদুনা হিংনা ২ ফাগনি, হাঙনা পাউ চেনথোকতুনা কৈবল খোং লেংশিন্দুনা মথং মথং কৈ মম্বাম ফাখি, মাসুমনা কৈচলবদি নিংথৌরোল খুদিংদা তৌখিদবা নিংথৌ অসিগী অথৌবা অদু উবদা প্রজানা অপানবা কৈরেল "কৈ চংফানবা" হাঙবা হ্নামিংফমসি থোরখি।

## ৭. রাজ্যভার পুবা হৌবা।

নিংথৌ অসিগী প্রজানুরঞ্জন ওইবা লিচৎ অমসুং নিংখিবা গুণ পুমমক অসি মহামান্য সরকার বাহাদুরনা উরদুনা মতম থরগীদমক্তা পুবিরবা মণিপুরগী রাজ্যভার অপুমবা সিন্নরগে নিংলে। অদুনা ইং ১৯০৭দা সরকার বাহাদুরনা রাজাভার পি। মাদুগী উপলক্ষ্যদা মাননীয় 'গবণর বাহাদুরনা মণিপুরদা থোরকতুনা ইমফাল সনাকোনুং উত্রা মাংদা ৪ ফেব্রুয়ারী ১৯০৮ দা নিংথৌগী আসন্দা থাংগৎলা লৈপাক অপুমবা কুমৈ তৌদুন। লৈপাক পী।

হুমিং অচুগী স্নামূর্ত্তিদি অসিনি·



## ৮। তীর্থ কোইবা।

নিংথৌ অসিগী মহৌশা ওইবা সনাপুকনিংনা তীর্থব্রত তৌবা ৱামনা পামই, মুমিৎচুপ্পা শ্রীরাধাকুণ্ড শ্রীধামনা সনাপুকনিংগী মুঙাইনফম ওই। চহি খুদিংগী তীর্থব্রত তৌবতনা নিংথৌগী সনাপুকনিংদা পেল্লি। মথোং কারকপা বয়স ওইবকপদা তীর্থ কোইগে নিংলে, ধর্ম্মপত্নী মহারাণীগা সমানব্রত তৌদুনা মথাদা বঙ্গসাগর, নোংচুপতা আবর সাগর, অৱাংদা হিমালয়না ভুমথৈ ওইনবা ভারতবর্ষবু য়েৎলোইননা কোইদুনা, শ্রীধাম মরিমক কোইদুনা তীর্থব্রত তৌই. শ্রীধাম ব্রজবৃন্দাবনদা ব্রতউৎযাপন তৌদুনা মরৈপাকতা হল্লকই। অদুগী তুংদা শ্রীধাম—শ্রীরাধাশ্যামকুণ্ডদা সেবা তৌরে, থাইন বজ্রনাভদগী হৌদুনা পশ্চিমগী নিংথৌ ২ খুদিংনা শেমদুনা লাক্লবা কুণ্ডযুগলদা পরিক্রমা অকোইবা অদুবুদি মনাইগীদমক্তা থাকলমবগুম লৈববু মুং থাদুনা শেমই, অহিং ২ দা কুণ্ডপরিক্রমাবু থাওমে থাদুনা কৎলি। নিংথৌ অসিগী ভক্তি অদু উদুনা ব্রজবৈষ্ণবশিংনা "ভক্তরাজর্ষি শ্রীকুণ্ডসেবাবিনোদ" হায়বা মিং অসি কৌথি। মাসুম্না তীর্থদা হজৎ চন্না লেংবদা মণিপুরগী প্রাকৃতিক দৃশ্য অসিদা ৱাহোং লৈহনগে নিংদুনা, ৱাহোং উচেক য়োকদুনা মণিপুরদা থাদোকই। সনা হাকথক অসিদগী মণিপুরদা ৱাহোং লৈবা হৌথি।

## ৯। মাতৃভাষা শেম শাগৎপা।

অহানবদা নিংথৌগী সনাপুকনিংদা মণিপুর ভাষাবু শেমগৎকে নিংলে। থাইনগীমথৈ মণিপুরদা লীলা শান্নবা হাঙ্গবসি ৱামনা পামই, ৱামনা তোইনা তোই। অদুগা লোনতদি হিন্দী বাঙ্গলাদা ঙাক্তা সান্নরমই। নিংথৌগী সনাপুকনিংদা মাসি চুমদবনি নিংলদুনা মণিপুরী লোম্না শান্নবা হৌদোকই, মাত্র উবদা প্রজা অপুম্বনা অওইবা পোৎশক অদু লৌদুনা সনাহাকথক অসিত্তদগী মণিপুরী ভাষানা লীলা শাননবা হাঙ্গবসি চৎনথি।

## ১০। লানদ থৌবা।

অদুগী তুংদা মাপকী লান হৌরকলে, সরকার বাহাদুরগী মমক লান

অসিদা তেঙ্গন থাজনা জয় তৌই । অদুগী তুংদা আবর মিশমীগী অকনবা লান তৌবকপে, লান অসিদা সরকার বাহাদুরগীদমক মৈতে তেঙ্গোননা লান ঙাকই । অদুগী মতুংদা ইং ১৯১৫ দা পৃথিবীগী অচৌবা লানজাউ কৌরে । পৃথিবী অসিদা অকিবগী মশক ফংলবা লানগী মৈনা লৈপাক নোংথৌ থোঙ্গা চাকপা হৌরক্লবদা মহামান্য সরকার বাহাদুরগী দমক থুংলাই পাইদুনা লান থাউগে হাঙ্গনা চোংথোকলে । সরকার বাহাদুরনা পেল্লদুনা মণিপুরগী সিপাহি পিদুনা লান পাঙু হাঙ্গবদুনা মণিপুরী সিপাহি থাদুনা লানপাঙি । নিংথৌনা সনাথোংমক লেংদুনা লানয়াউগে হাঙ্গরে । অবাবনি—

মণিপুরবু মরোল ৯ থোকনা কোইরিবা হাওগী মথৈনা ইকেঁট কোইনা লান হৌরে । হাওসিংগী অপংবা বাথননা মাথোইদা ফংতবা মীনা "সরকারদি মতমসুরে, হাংসি" হাঙ্গনা ইনশিনবা থাঙরে । চিংদগী থোংজাই নিংথৌসিংনা তম্বাকতা লান্দারকদুনা অহিংদা শরোক্না তম্বাক্তা মৈতে প্রেজ বুম্ব হাংলরে । মাসুমনা কর্ম্মগী অকনবা লান তৌরিঙৈদা মণিপুরদা চিংদা হাওয়ান অকনবা শোকনরে । মতম অসিদা ইউরোপকী লান্দনা সিপাহি থাদুনা অদুগা চিংদনা সনাথোং মক লেংডনা সরকার বাহাদুরনা পাংদুনা চিংগী লান শোকনরে । অসুম্না শোকনবদা ডাম্পী হাওখুন জয় তৌরে । মথং ২ হাও ঙমলকদুনা জম্মনগী লান লোইবা মতমদা হাওগী লানসু লোই । নিংথৌগী থান্না থৌবা, অকনবা মতো অসি উবদা পেল্লদুনা নিংথৌ অসিগী ধারাদা গাদি ফংবা মথৈগা লোইননা "মহারাজা" হাঙ্গবা মিংথোল অসি পিং অদুগা মথংদা লান পাংবগীদমক "সি, বি, ই," হাঙ্গবা উপাধি অমসু পী ।

## ১১ । তীর্থদা মন্দির লিংখৎপা ।

তীর্থদা ব্রত ওইনবা নিংথৌনা শ্রীরাধাকুণ্ড মপানদা মন্দির অমা স্থাপণ তৌগে হাঙ্গনা সনাপুকনিংদা থম্মুনা অহানবদা চাউরবা মন্দির অমা লিংখৎলি । মাদুমক শ্রীকুণ্ডনক্কে হাঙ্গদুনা হুনজেকদুনা শ্রীকুণ্ডগী মপাঙ্গমক্কেদা অনৌবা কুণ্ড অমা শেমগৎলি । কুণ্ড অদু গোপালজী

কৃষ্ণ হাঙ্গনা খোললে। মবধৌ ইবুঙো শ্রীযুৎ চবসিংহ মহাৰাজনা লিং-থৎলমবা কুঞ্জগা, কুঞ্জ অনিমক হুজিককাউবা নিত্যসেবা তৌরি। অদুগী তুংদা ব্রজধামদা নোং তাড়ুনা ব্রজবাসী অপুমবনা ঐখোইগী ইনিংথৌদা হাঙ্গজদুনা কুণ্ড সঙ্গমস্থানদা শ্রীগিরিরাজ অমা স্থাপণ তৌদুনা পুজা তৌখি। মাদুগীনা বুজগী অৱাবা পুম্নমক কোকহনদুনা নোং তারে। মরম অদুনা মাদুদা পূজা তৌখিবা গিরিরাজ অদুবু শ্রীধামদা ইনিংথৌনা নিত্যসেবা তৌরি। মবম অসিনা নিংথৌ ওইদুনসু ব্রজধামদদি বজ্রবৈষ্ণব হাঙ্গনা থংনৈ।

## ১২। ঈমারোল্না সঙ্কীর্ত্তন তৌখা হৌবা।

নিংথৌ মা পুকনিংনা প্রজাসিংগী মহৈ তম্বদা করম তৌরগা থুদোং চাগদগে হাঙ্গবসি মকম খুদিংদা এংদুনতা নৈ। মাদুগী পাঙ্গম্না মণি-পুরী ভাষা অসি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা লৌশিল্লে। মণিপুরগী ধর্ম্মদি ভাগবত ধর্ম্মনি, ধর্ম্ম অসিগী মরু ওইবা ভক্তিদি সঙ্কীর্ত্তননা ওই। মণিপুরীশিংনা সংকীর্ত্তন তৌবদা থাইনগী মথৈ শকনরকপা ঈশৈদি প্রাচীন কবিসিংগী কবিতা ঙাক্তা শকনবমই। মমৈদদি মম্না'লোন হাঙ্গবসিনা ঈশৈগী মরোলনি। অমসুং পোন অমদদি হরিগী গুন শকপা য়াদব গুমনা নিংনখরে। অসিগুম্বা অবানবসি চুমথোকনবগী দমক অমসুং ঐগী ২ ঈরোলনা ঈশ্বরবু নৈসি নৈথোনবা হাঙ্গবাসিমকসু ভক্তিগী অঙ্গ অমনি হাইবা সাধরণ মী পুমনমকনা খংসনু, অদুগা মৈতৈদি মহৌশান কাব্য লেংবদা পাম্বা মাতিনি, মৈতৈ কবিসিংনা কবিগী নিভৃত চিন্তাদা শ্রীহরিগী সাজ্ঞা নন্দরসবু আস্বাদন তৌননবা অমসুং ভক্তভাবুকসিংনা সুলভ ওইনা শ্রী হরিগী গুন লৈনবা হাইদুনা মৈতৈরোল্না সংকীর্ত্তন তৌবা হৌদোকই। প্রজা অপুম্বনা মাহকথক অসিদগী হৌদুনা ঈরোলনা হরি গুন শকপা হৌনৈ হাঙ্গবা থংখি।

## ১৩। টৈলপাক্তা মহৈ চাওখৎহনবা।

থাইনগী মথৈদি মহৈ তম্ফম শং অমতা লৈরমদে। মা

জেমস জনষ্টোন কে, সি. এস. আই না মনিপুরদা পোলিটিকেল এজেণ্ট ওইরিঙৈদা ইংরেজী স্কুল মচা অমত্তং লিংখৎলমই, হৌপনগী স্কুল অমনি হাঈবতা মঙাইরগা স্কুল অহুবু ইনিং-থৌনা গাদিফংঙৈদগী শেমগৎতুনা হাঈস্কুল ওইহল্লে। প্রজা অপুম্ববু মহৈ তম্বনা মাগ্নপ কান্নে হাঈবা খংহনবদা লৈপাক অপুম্বনা হুমিংচুপ্পা লাইরিক তমগদবগীতা হোৎনরে, অমত্তা চাহবা জনষ্টল স্কুলদা তম্বা চন্দরে। প্রজাশিংনা অনৌবা হাঈস্কুল অমা লিংখৎচৈ, মকম লৈত্রহুনা ৱারনা মতমদা শ্রীযুৎ মহারাজনা সনা কোম্বং মনাক্তা য়ুমফমম্মু পীহুনা স্কুলসং সাবি, মখোইগী অৱাংপা শেঙ্গাউদা মপুক থগ্না শেন হাপীহুনা স্কুল অহুবু নিংথিনা লিংখৎপী, স্কুল অহুবু সনা নামদা চুড়াচান্দ হাইস্কুল হাঈনা কৌরে। অসিগুম্বা সনা পুকনিংদা প্রজাশিংগী মহৈ চাউখৎপা পাম্বা অসিমক্তনা প্রজা অপুম্বম্ম মহৈ চাউখৎনবা হোৎনরি। মাহুগ খুদম — অনৌ অনৌবা হাইস্কুল এম, ই, স্কুল কয়া কয়া লিংখৎখরে। মাসি পুম-নমক ঙসি ইনিংথৌগী বিদ্যাদা সনা পুকনিংনা পাম্বীবত্তনা থোকপনি।

১৩। স্ত্রী শিক্ষা চাউখৎপা।

থাইনগীমখৈ একনবা ব্রহ্মাদেশনা লান্দাবামক্তনা মনিপুরগী মাতৃজাতিনা মহৈতমবা ঙমলমদে, হুমিংচুপ্পা নিপানা লান নাবা, শমুত্তানবা, কৈচনবা, লৌউবা, হুপীনা মচা মম্ম য়োকপা ইমুংগী থবক তৌবা, অসিত্তা হোৎনরমই। শ্রীযুৎ মহারাজনা ঙাইবং-পানবগী অমমবদা লুপখ্রবী ইমাশিং অসিবু লাইরিক তমবিহুনা থমোইদা মহৈগী থাউমৈ থানবিত্রবদি ওইরকদবা বংশধরশিংগী চাউখৎকদবা লৈরোই, অদুমনা সনা পুকনিংদা থনাবক্কে,

অত্থনা স্ত্রীশিক্ষাগী দমক অমোক সনা পুকনিং চংবা হৌরকলি।

## ১৪। লৈপাক ঙাকপা হৈবা

মাস্থমনা লৈপাক ঙাকপা হৈব', প্রজাবু চানবা, অসি মহা-মনা বৃটিশ গবর্ণমেণ্টনা উত্থনা য়ামনা পেনখ্রে মরম অসিনা সরকার বহাদুরনা ইকাই খুমনবগী মশক ওইবা "কে, সি, এস, আই" হাঙৈবা মিংথোল অসি পিত্থনা লৈপাকতা ৱা'এন কবগী দমক সম্মান তৌখ্রে। ইনিংথৌনা তীর্থব্রত তৌত্থনা শ্রীরাধাকুণ্ডদা লৈরিঙৈদা ইং ১৯৩৩ দা উপাধি অসি ফংই। মমাংঙৈদসু শ্রীকুণ্ডদা লৈরিঙৈদা "সি, বি, ই" উপাধি ফংখি। অত্থনা ব্রজবৈষ্ণবসিংনা বৈষ্ণবরাজগী চৌনবীনি হাঙৈনা থাগৎ-লখি। পাউ অসি মনিপুর প্রজা অপুমবনা তারত্থনা প্রজা অপুমবা হৌরত্থনা মথুঙা মঙ্গল থুদোল পাইত্থনা ইনিংথৌবু ঙাইত্থনা চিংমৈরোংদা ওকখি। মাত্থদা মী অপুমবনা উনখি মনিপুর নিংথৌ হাঙৈবসিবু প্রজানা মাস্থপ মুংশি, অমসুং নিংথৌনা প্রজাবু অস্থপ চাল্লি হাঙৈবা সরকার বহাদুরনা উখি। কুম অসিদা সরকারগী বৃটিশ প্রজাশিংনা ষ্টেটতা লৈবা পুমনমক্কী ভারসু ইনিংথৌদা পীরে।

## ১৫। নিংথৌ অসিদি লৈপাকগী নিংথৌ নত্তে জাতিগীসু নিংথৌনি।

ভারতকী মনুংদা মীরৈপাক্কা থুম্নাখিবা মণিপুরী জাতি অপুমবনা মতম পুমনমক্তা মরৈবাক মণিপুরদু কাউবা লৈতে মণিপুরগী মবুংঙো খিংথৌগী মীয়েক মীচান কবা অসিগুমবা ওন পুমনমক অসি উবা, তাবদা মথোইনা মনিংথৌনি হাঙৈনা নিংই। মরম অসিনা ইং ১৯৩৪ চহিদা মণিপুরী হিন্দু অপুমবগী

চাউরবা মহাসভা অমা ফমখি। সভা অদুদা বিদেশদা লৈবা হিন্দু মণিপুরী পুমনমক মাগী মাগী প্রতিনিধিনা মণিপুরদা লাকতুনা সভা ফম্বা য়াউখ। হিন্দু মণিপুরী পুমনমকন চপ মাননা ৱাশকনতুনা লেপনখি, ঐখোইগী নিংথৌদি চুমনগী লৈপাক অসিগী নিংথৌদা ওইজবা নত্তে, জাতিগী নিংথৌনি, অদুনা ইনিংথৌনা তৌবা ধর্ম্মগী সমাজগী শাসনগী মতুংইন্না নিখিল হিন্দ মনিপুরী পুমনমক চৎনগনি হাঙনা ৱারেপনখি।

১৬। জাতিদা মীচং মীখাই নাইদবা।

মণিপুর লৈপাক অসিদি মশাদি পিকলবস্নু জাতিদি ওন-থোকনা য়ামখ্রে। মরোন তিন্নদবা, মশক মানদবা জাতি অদু তানা হাঙ্গৈরবদি কুনদগীদি হেম্না লৈগনি। নিংথৌ অসিনা অস্নুপ য়ামবা জাতি অদুবু মৈতৈ নত্তে হাঙ্গৈতুনা করিগুমবা মারাইবগী মিংয়েংনা য়েংদে। চিংদা তোংবা হাওবু অপংবনি হাঙ্গৈনা থোওইদবা লৈত্রে, মরোন থোক্তবা মচাগুম মুংশিবি মোসলমানশিংনি, হাঙ্গৈবগী ধর্ম্ম তিননদে হাঙ্গৈতুনা নোংমক্তা মীরাইদে। মণিপুর হাঙ্গৈবাসিদি লৈপাক অতৈগুমনা ভমতদা পানবত্তা নত্তে। বসন্তদা সরিক হৈহে পানবগুম ৱাংল ৱাংলবা চিংদা হাওগী প্রজানা থননা পাল্লিবা লৈপাকনি। নিংথৌ অসিগী মীয়োক মীচান নিংথিবা প্রজানুরঞ্জন ওইবা গুণ অসিমক্তনা পংখ্রবা তম্পাকমকপু মশক উত্রিবা হাও পুমনমকনা মুমিং কয়া কয়াগী লমবেলদগী লাকতুনা ইং ১৯৩৪ চহিদা খোংজাই অমম্নুং কবুই পুমনমক তিনতুনা নিংথৌবু খুরুমজখি। মতম অদুদা ইম্ফাল সহর অপুম্বা হাওনা নোংমংবা মরম্নু ফুংনা মমখি। মখোইনা হাঙ্গৈরমই ঐখোইদি চিংদা তোংবা হাও অপংবনি।

ইনিংথৌবু মশক উগে লাকচবনি হায়না হয়রাউখি।

## ২৭। শ্রী ধাম নবদ্বীপতা মন্দীর শকপা।

নবদ্বীপতা টেখরী পাড়াদা থাইনগী মথৈ হৈহৌনা মণিপুরগী উপনিবেশ অমা লৈরমই। শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদগী লেংথিবা চৌরচৎ মহারাজগী ধারা০া সেবা তৌবা শ্রী শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মন্দির লৈ; মন্দির অসিদা সেবা তৌরিবা রাজবংশধরসিংগী ময়েং তারকপনা থাম্মা হনথরে। মাতুগী নাক্তা শ্রীযুৎ মহারাজনাইং ১৯৩৩দা মন্দির অমা শিংথৎলি, সনানা কুপই, শ্রীশ্রীকৃষ্ণচন্দ্র বিগ্রহ স্থাপন তৌই, কুমসি হৌখ্রবা শকাব্দ ১৮৫৬ কী মাঘ অর্দ্ধোদয়দা মসিং লাকপা নাইদনা মণিপুরী জাতিনা শ্রীগঙ্গা স্নান তৌবা চৎপদা নিংথৌরেন অসিনা প্রজা পুন্নমকপু ময়ুম ময়ুমগুম হুডাইনা লৈহন্দুনা, চাবা থকপা লেমনা পিজহুনা প্রজা অপুন্নবু হুডাইহনখি। প্রজাসা: এনা চারি থকলিবা অসে নংখোইনা পিবনি নংখোইগী নরগা এনা তীর্থ চৎলিবনি এনা পাজরিবা পুন্নমক অসি নংখোইগী নরগি চাউ হায়না স্নায়াথং তাকপী, পেল্লবা প্রজাগী মপৈ লিশিং২, চাম২না তম্মহনা মনিংথৌবু মপোক২ থুদিংদা মহাক্কী প্রজা ওইজগে হায়না থাগৎনখি।

## ২৮। প্রজাশিংনা মনিংথৌগী গুণবু পেনজবা।

সরকারগী ১১।১১।১১ সুবা হায়বদি নবেম্বর থাগী তাং ১১ গী ষ্টাণ্ডার্ড পুং ১১ তাবা মতমদা লানজাউ লোইখিবগী মনিট ২ রা ঙাংদবি লেপপদা, ইম্ফাল দুর্গমনুংদা ফৌজ ময়ামগী সলামী থকপা অমসুং রওত জুবিলীগী মসামদা ইনিংথৌবু ভারত সম্রাটকী মহুৎ সিন্নবা ওইহনহনা ইমফাল দুর্গ মনুংদা সরকার ফৌজনা রওয়েল সেলুট তৌবা মাম্মুখা সরকার

বহাদুরনা সম্মান তৌবাসি প্রজা পুমনমকনা উখি, অমসুং ঐখোইগী ইনিংথৌব মহামান্য সরকারনা মাখুপ য়াম্না সম্মান তৌই হাঙবা খংখি। মাধ উরগা কুম্মে অত্ত এংলিবা মৈতৈ হাও, পাঙনচিংবা প্রজা পুমনমকনা মনিংথৌব পেনজনব মমিৎতা মুংঙাইবগী ঈড়া হৌত্না এংজখি।

অসিগুমবা মণিপুর লৈপাক্কী নিংথৌরেল অসি কুমসি চহি ৫০ শুরে, নিংথৌ ওইবা চহি ৪৪ সুরে, লৈপাক্কী ভার পুখা চহি ২৮ শুরে। লৈপাক্কী ভার পুঙৈদগী অত্তৈঙ সরকার বাহাত্তুরনা লৈপাক ংঙৈদা তাকলমবা মতুং ইননা মণিপুর প্রজা অপুমবসি নোংমাগী চাউখৎলকই। মহামান্য সরকার বাহাত্তুরনা লৈপাক তানা উত্রা মাংদা লাউনা তাকলমই— খাইন মমাংঙৈদা মণিপুর অসি লাইথোক্নুনা চহি থুদিংগী য়াম্না শিরমই, লাই থোক্লুরিবা মবু মী ওইবগী সিংদা চন্নরমদে। সরকারনা টীকা থাবা হৌদোক্নুনা কোকহল্লে। মণিপুরদা ঈশিং ফক্তুনা মী পুমমক ঈশিং ফক্তবনা হুকচাং ফংলমদে লমই থুদিংদা অচৌ ইবা পুখ্রি তৌত্নুনা ফহল্লি, চৎপা য়ারমদবা লম্বেন নিংথিনা শেমলে, মফম ২ চানা থোং শাত্নুনা প্রজাব মুঙাইহল্লমলে, মাসুম্না মতুং খাসিদা নখোইগী নিংথৌনা শেম্লনি। সরকার ঐখোইগী চান্নথোইবা অমা লৈ হাঙনা নিংথৌব, নিংগনি, নিংথৌনসু সরকার ঐখোইবু চান্নবনি হাঙনা কাউরোই। প্রজা নখোইনা নিংথৌব মপা ওইনা, নিংথৌনা প্রজাব মচা ওইনা য়োক্ননি। অসুননা তাকলগা মহামান্য সরকার বাহাত্তুরগী য়ুথং মতুং ইন্না ঐখোইগী ইনিংথৌনা ঈংলব ছত্রচ্ছায়াদা প্রজা ঐখোইবু থমবিত্নুনা নোংমা ২গী চাওখৎহন্দুনা পাল্লি। ইনিংথৌনা মী ওইনা হিংবগী পুন্সিগী তংখাই চনবা কুম অসিদা অসিগুমবা সরুক অমা ঢেম্না পুন্সি মরুং কুইনা পাম্বহনবিয়ু, চহিকক্ কুম মশোং চাও, থবাঙম নঙান [illegible] প্রান্সি মরুং কুইনা পাম্বহনবিয়ু হাঙনা তাইবং [illegible]

[illegible]